# কংলৈপাক শকতম

( State Emblem of Kangleipak )

লাইনিংথৌ মোংশাপা



—ইজবা—

ৱাংখেমচা চীংতমলৈন

অহানবা খুৎনম্ম মশিং ৩০০০
মলিয়াফম পালচা কুম ৩৩৭৮
ফংফম থোকপা পুন্নমক অইবগীনি ।
কনাগুম্বনা লাইরিক অসি নমথোকপা য়ারোই ।

ফোংজবা কাংলুপ— রাংথেম ওংবী মুতুম সনাজাওবী
রাংথেমচা ময়াম ভরত, মীতৈ লৈমা, অমুজাও, চাওয়াই
চাওতোন ১ম্বুং তোল্লেন, শকোলপন ।

# য়েৎনরিবা 'কংলাশা'

ঐখোয়না মচি অমনি নত্রগা অনিনি হায়না য়েৎনরিবা 'কংলাশা' হায়বা য়াহৈ অসি ঐখোয়না য়েৎনরিবা পোৎ অদুগী অশেংবা মমিং নত্তে। মসি ময়াম্না খোনজিনবা মমিংনি। মসি Nickname নি। পুয়াগী অশেংবা মমিংদি 'লাইনিংথৌ নোংশাপা' হায়বনি। ইবুধৌ খাগেম্বগী মতমদগী কংলা উতা মাংদা শা অমগী শকতম মান্না শাহুনা থম্লম্বা, মতুনা মরম ওইদুনা কংলা হায়বা পোৎ মফম অদুগা শাগী শকতম অমগা লোইন লোইননা মীতৈনা উদুনা চহি কুমজা কয়া লৈরকপা, য়াখল অদুনা কংলা-গা শাগী শকতম অমগা অদুম লোইন লোইননা চৎলকপা, মসিগী য়াখলগী মওং (Psychological association) অসি-দগী 'কংলাশা' হায়বা মমিং অসি থোকখি, অদুগা অশেংবা মমিং 'লাইনিংথৌ নোংশাপা' হায়বা য়াহৈ অসিনা হন্দোকতুনা (Background দা) তুমিন্না লৈখি। লাইরিক অসি পাবিবদা শোয়দনা খংবিগনি।

মীয়াম্না উবিন্রে—নিংথেমমচা দরেন্দ্রগী সরকারনা মচি অনি পানবা শা অমগী শকতম অমা, মীতৈ লৈপাক্কী শকতম ওইনা কাংজেবুংদা তাং ২৫/৯/৮০ ইংদা থাংগৎলে। মসিগী শকতম অসি 'History of to day হায়বা London দা

1962"[1] দা ফোংখিবা Mansell Collection হায়বা অয়েকপা (Sketch) অতুদগী লোথোকপনি। অয়েকপা অতুগী ওইথংবা মথাগী চিথেকতা 'MP' হায়বা ময়েক অনি অসি য়াওরি। মরম অসিনা 'MP' হায়বা মী অসিনা 1962 গী ময়াদা য়েকপনি হায়না লৌই। উহৌবা মীরা নত্রগা রাখলনা হেকতা শাজিনবরা, রাখলনা শাজিনবা ওইরবদি শাজিল্লিবা অতুগী যুমফম করিনো-ঐখোয় খংদে। মীতৈগী রাংউলোন অমস্তুং লেপ্তুনা চৎথরকলিবা মীরোলনা মচি অনি পানবা শানা 'কংলাশা' ওইরম্বগী রাখল লাম্বা ফংদ-বনা London গী Mansell Collection অসি মীতৈগী ফনবা তৌরিব্রা নত্রগা মাংনবা তৌরিব্রা নত্রগা 'ভাব' তাদহুনা পংয়েক য়েকশিল্লিব্রা—ঐখোয় খংদে। অতুগা অমুক অয়েকপা অতুগী মথাদা "Treachery, Patricide and fratricide"; an enclosure of the Rajah's Palace at Manipur" হায়না থারি। মসিগী মীতৈলোনগী রাহন্থোকতি—"নমথাক তৌবা, মপা হাৎপা অমদি মচিন মনাও মচন মচে হাৎপা" মনিপুর রাজাগী কোন্নুংগী কোইশিনবা" হায়বনি। মরম অসিনা "Treachery, Patricide and fratricide"...... হায়না থাবা, 1962 গী ময়াদা য়েকপা, মতুম্থু ভাব তানা য়েকপা মান্দবা, অয়েকপগী শকতম্থু 'কংলৈপাক শকতম' (State Enblem) ওইনা লৌবা অসি মীতৈ ঐখোয়না করিগীনো মুন্না খনফম থোকই। লাইয়াম্বদা অয়েৎপা পীরুবগী শরোই তুম্না 'লাইনিংথৌ নোংশাপা' না হাৎখি;

---

[1] কংলৈপাক শকথং থুদম—মাম্নব্ন অপুনবা

# য়েৎনরিবা 'কংলাশা'

ঐখোয়না মচি অমনি নত্রগা অনিনি হায়না য়েৎনরিবা 'কংলাশা' হায়বা রাহৈ অসি ঐখোয়না য়েৎনরিবা পোৎ অদুগী অশেংবা মমিং নত্তে। মসি ময়াম্না খোনজিনবা মমিংনি। মসি Nickname নি। পুয়াগী অশেংবা মমিংদি 'লাইনিংথৌ নোংশাপা' হায়বনি। ইবুধৌ খাগেম্বগী মতমদগী কংলা উতা মাংদা শা অমগী শকতম মান্না শাদুনা থম্লম্বা, মদুনা মরম ওইদুনা কংলা হায়বা পোৎ মফম অদুগা শাগী শকতম অমগা লোইন লোইননা মীতৈনা উদুনা চহি কুমজা কয়া লৈরকপা, রাখল অদুনা কংলা-গা শাগী শকতম অমগা অদুম লোইন লোইননা চৎলকপা, মসিগী রাখলগী মওং (Psychological association) অসি-দগী 'কংলাশা' হায়বা মমিং অসি থোকখি, অদুগা অশেংবা মমিং 'লাইনিংথৌ নোংশাপা' হায়বা রাহৈ অসিনা হন্দোকতুনা (Background দা) তুমিন্না লৈখি। লাইরিক অসি পাবিবদা শোয়দনা থংবিগনি।

মীয়াম্না উবিগ্রে—নিংথেমমচা দরেন্দ্রগী সরকারনা মচি অনি পানবা শা অমগী শকতম অমা, মীতৈ লৈপাক্কী শকতম ওইনা কাংজৈবুংদা তাং ২৫/৯/৮০ ইংদা থাংগৎল্লে। মসিগী শকতম অসি 'History of to day হায়বা London দা

1962"[1] দা ফোংখিবা Mansell Collection হায়বা অয়েকপা (Sketch) অতুদগী লৌথোকপনি। অয়েকপা অতুগী ওইথংবা মখাগী চিথেকতা 'MP' হায়বা ময়েক অনি অসি য়াওরি। মরম অসিনা 'MP' হায়বা মী অসিনা 1962 গী ময়াদা য়েকপনি হায়না লৌই। উহৌবা মীরা নত্রগা রাখলনা হেকতা শাজিনবরা, রাখলনা শাজিনবা ওইরবদি শাজিল্লিবা অতুগী যুমফম করিনো-ঐখোয় খংদে। মীতৈগী রাংউলোন অমস্তং লেপ্তুনা চৎথরকলিবা মীরোলনা মচি অনি পানবা শানা 'কংলাশা' ওইরম্বগী রাখল লাম্বা ফংদবনা London গী Mansell Collection অসি মীতৈগী ফনবা তৌরিব্রা নত্রগা মাংনবা তৌরিব্রা নত্রগা 'ভাব' তাদতুনা পংয়েক য়েকশিল্লিব্রা—ঐখোয় খংদে। অতুগা অমুক অয়েকপা অতুগী মখাদা "Treachery, Patricide and fratricide"; an enclosure of the Rajah's Palace at Manipur" হায়না থারি। মসিগী মীতৈলোনগী রাহন্থোকতি—"নমথাক তৌবা, মপা হাৎপা অমদি মচিন মনাও মচন মচে হাৎপা" মনিপুর রাজাগী কোঙ্গুংগী কোইশিনবা" হায়বনি। মরম অসিনা "Treachery,Patricide and fratricide"...... হায়না থাবা, 1962 গী ময়াদা য়েকপা,মতুম্বু ভ.ব তানা য়েকপা মান্দবা, অয়েকপগী শকতম্বু 'কংলৈপাক শকতম' (State Enblem) ওইনা লৌবা অসি মীতৈ ঐখোয়না করিগীনো মুন্না খনফম থোকই। লাইয়াম্বদা অয়েৎপা পীরুবগী শরোই তুম্না 'লাইনিংথৌ নোংশাপা' না হাৎখি;

---

[1] কংলৈপাক শকথং থুদম—মান্নবা অপুনবা



London 1962 দা ফোংখিবা History of today দা য়াওবা Mansell Collection দগী লৌথোকপা ( Sketch )

মীতৈগী খুন্নাইদা অরানবা তৌরুবগী ১৮৯১ দা অঙোবা মঙাগী মংকাক 'লাইনিংথৌ নোংশাপা' 'কংলাশা'গী মমাংদা তাখি।

মচি অমা পানবা 'লাইনিংথৌ নোংশাপা'গী শকতম অসিনা থাইনদগী হৌজিক ফাওবা মীতৈ লৈপাক্কী 'কংলৈপাক শকতম' (State Enblem) ওইনা লৈবা অসি লৈপাক অসিগী অহৈ অশিংনা, লৈঙাক মপুনা য়াররবা রাফমনি। Johnstone School গী মমাংদা Kangla Park কী ময়াদা অস্থুম চংশিয়ু। Kangla Park কী ময়াই য়োরকপদা Kangla Park কী

Inauguration Stone দা য়েক্লিবা 'কংলাশা' অহ্ উবিগনি। মহ্ মচি অমা পানখনি। ঐখোয়না য়েকশিন্নুবা নত্তে, সরকারনা তৌখিবনি।

অরোইবদা হায়জনিংবদি—পুখোকচরিবা লাইরিক অসি, অইবগী অনিশুবা খুদোলনি। হৈবা অমমুং শিংবগী রাথলদা ইজ্খিবা নত্তে, অশেংবা ফজবা সুংশিবগী য়ুম্ফমদা ইজখিবা লাইরিকনি। মীয়াম্না লাইরিক মচা অসি পাবিবদা কান্নবা ফংবিরবদি, মীতৈগীনি, মীতৈ ইপা ইপুগীনি। অশোয়বা অরানবা য়াওরম্লগনা অইবগীনি। তৌজরিবা পুন্নমক মীতৈ য়েক ৭ কীনি, মীতৈ য়েক ৭না পাবিহুনা খন্ন-নৈনবিবা সুমিৎ অহ্ ঐগী লাইপক ফবা সুমিৎনি।

য়েক তরেৎকীদমক তিংজরিবা
রাংখমচা চীংতমলেন
সকোলপন

# কংলৈপাক শকতম

তরং ইপাক হিহোনবা
তেংপানথবু শেন্বীবা
তাইথংচাবু য়োকপিবা
খল্লাইগী খল্লাই ওইরিবা
হুংশিবগী হুংশিবা
মপু নহাকপু উদবা !
থম্মোয় লাইয়ুম তিংথোক্লা
ল্লাখল লিশাং থাহনা
নংবুতবু কৌজরি ;
লেংশিনবীয়ু থম্মোয়দা
হায়হনবীয়ু অচুম্বদা
ইহনবীয়ু অথংবদা ;
নংবু থম্মোই থাগোল্লা
"নোংশাপা চৈলাক" কিজনা
"কংলৈপাক শক্তম" ইজগে
নিংন—তেনা চৎচগে
কোলোয় মাগী হুংশিবা
ঐথোয়গী ইপুথৌ পাখংবা
মাগী মতুং ইনজগে—

ল্লাংখেমচা চীংতমলেন

মীতৈ সনালৈপাক কংলৈপাক অসি তেংপানববু শেম্নীব', তাইবংচা ঐখোয় পুন্নমকপু য়োকপিবা হুংশিবগী হুংশিবা, হুংশিবগী হৌফম ওইরিবা শিদবা তেংপানবগী মপু মহাক্কী শক্তমনি। করিগুম্বা তাইবং মালেম অসিগী অরেপ্পা মফম অমদা, করিগুম্বা মী কাংবু অমনা তাই; মখোয়গী মনাৎ লৈ, মখোয়গী লৈঙাকলোন লৈ। মসিবু লৈপাক (State) অমা কৌই। তাইবং মালেম অসিদা লৈরিবা মী কাংবু (জাৎ) অয়াম্বগীদি লৈপাক অমা হায়বসে-লম মচেৎ অমনি, মী কাংবু অমনি, লৈঙাকলোনগী মনিংতম্বা অমনি। ইচম-চম্বা মী কাংবু অমনা লম মচেৎ অমদা শু নোমহুনা লৈবাক রায়েন তৌহুনা লৈবগী রাফমনি। মথর'ই পান্দে, মশক নাইদে। মখোয়গী মশক হায়ববু মখোয়না কল্লিবা লম মচেৎ অহুগী অকোইবদা লৈই অমা চিংলগা থোকপা অহুখক্তনি। মীতৈগী লৈপাক্তি মসি নত্তে।

মীতৈ লৈপাক অসিদি মপু মাগী শক্তম্নি। তাইবং শেম্বা মপু মহাকত্তি শকনাইদে। অহুবু মীতৈনা মখোয়না তারিবা লৈপাকপু মপু মাগী শক্তম্মক ওইনা লৌহুনা শকনাইবা ওইনা নিংই। পোকপা হিংবা, শিবা পুন্নমক লৈপাক অসিগা মরি লৈনৈ। লীচৎ ১সুং ইরাৎ-থৌনি পুন্নমক্ত লৈপাক অসিগা থানবা য়াদে । মীতৈগীদি মীতৈনা তারিবা লম, লম অহুদা লৈরিবা মীতৈ, মীতৈমা চৎলিবা লীচৎ, ইনাৎ,ইরাৎ-থৌনি, মীতৈগী লৈঙাকলোন ... পুন্নমক অসিনা পুল্লপ পূশিল্লগা মপু মাগী শক্তাম্নি, লেংই মথল্লাই পাল্লি, মচা মশু ওইরিবা মীতৈবু হুংশি, ঐখোয়বু হুবি। মহুগী লমন শিংবা ওইনা

মীতৈনা লৈপাক অসিবু ইরাংলি, খুরুমজে, ইপাগী শকতম লোরিব লৈপাক অসিগীদমক শিংবা কিনদ. লৈপাক অসিগীদমক শিজবা মপু মঙোন্দা হকথেংননা চংজবনি লৌনৈ।

"তলঙ পাউপু পীনপা। ঈপুঙলোইকী য়াথংনা ওইখিপা মালেমনা লাইয়ামসিংনা হা লাউলে।। ঈপুঙলোইনা হা লাউলে।। য়াইফপাকী মতীকপু লাইয়ামসিংনা পেনচলে।। অস্নুম তৌনা লোইপী চীঙকী চীঙতোনতা মফম মফম্ য়েংতুনা তুকা রাকা পানতুনা স্নুংঙাই থোইনা পানখলে।। রাকোনপুঙপু সাখলে। ঈপুঙলোইকী হুমাং মালিকতাকী থোকখিপা। সালোই ফুলুপ মখৈনা অয়েতপাপু পীলকলে।। ঈপুঙলোইনা লাইনিঙথৌ নোংসাপাপু ওইতুনা সালোই ঙমনা হাতখলে।। লাইনিঙথৌ নোংশাপাকী চৈলাকনা সালোই খৈপীক তুমখলে অতুকীতমকনা নোংশাপা চৈলাক হাইখলে।।"[২]

তেংপানবা মপু ঈপুঙলোইনবা মহাক্না অহানবদা নোংথৌ মস্নুং শেমলে, স্নুমিৎ থা থরানমিচাকনচিংবা থোকহল্লে। স্ন - পুংথৌ তরেৎশেমলে, তাইবংপানবা শেমলে। মতুংদা মহাক্না তাইবং সমু হকচাং স্নুংদা লৈরিবা ঈয়েক ঈপী ১৮ গী লীখুনবু লাইয়ামদা তাকপিরে। মতুংদা ঈপুং লোইনবা অপকপা মহাক্না তলং স্নুংদা লৈখরে।

মপু মাগী খুৎশেম পুন্নমক অসিবু উরত্নুনা অমস্নুং মপু মহাক্না তাক্লস্বা পুন্নমক অসিবু খংলত্নুনা লাইয়াম পুন্নমক হরাওরে।

[২] রাকোকলোন হীলেন থীলেন

মপু মাগী মতিকপু লাইয়ামশিংনা পেন্নরে। মহাক্কী খুৎশেম ওইরিবা লাইয়াম অমস্মুং তাইবংপানবনা মাবু হুংশিবা অমস্মুং মহাক্কী মতীক ময়াইবু থাগৎপা উবদা মপু মহাকস্মু পেনখরে। অস্মুন্না মপু মহাক্কী খুৎশেম ওইরিবা লাইয়ামশিংনা হরাও তয়াম্না তুগা রাগা ওইতুনা লোইবী চীংগী চীংতোম্বা হুংঙাই য়াইফনা পানখ্রে, চাদা নাওদা শন্দোকখ্রে। অস্মুন্না লাইয়ামসিংনা হুঙাই য়াইফনা পাল্লিঙৈদা ঈপুংলোইকী হুমাং মরিকতগী ওইখিবা সাঁরোই কাংবুনা লাইয়ামশিং অমদি মখোয়গী চাদা নাওদাদা অয়েৎপা অকায়বা পিরকলে।

মীতৈ ঐখোয়না লৈরিবা লম কংলৈপাক অসি মপু মহাক্কী শকতমনি হায়জখ্রে। মপু মহাক্তি হুংশিবগী হুংশিবনি ফজবগী ফজবনি, অচুম্বগী অচুম্বনি। মহাক্কী মফমদা অরানবা অথিবগী মফম লৈতে। মরম অসিনা মপু মহাক্কী তম্পাকতা হিংলিবা মীতৈ ঐখোয়না করিগুম্বদা অরানবা, অথিবা, ফত্তবা তৌবা য়াদে। মপু মহাক্কী অনিংবনি; মীতৈ ঐখোয়গী থাজবনি। অতুবু মপু মহাক্না তাইবংচা ঐখোয়বু শেমখ্রে। মহাক্কী মমিদগী শেমখিবনি হায়বগীবু 'মী' কৌই। মী হায়বা পোৎ অসি মীওইনা পোক্লবনিনা, শেন্নবনিনা 'শা' ওইবগী শকতম অমগা লোইনরে, মীনা খ্বাইদগী শিংবা শা ওইজরবস্মু। মী ওইবগী মশাদা মতিক ময়াই অনি লৈ— অরাংবা থাক্কী ওইবা মপু মহাক্কী মশক ওইবা অমা (Rationality) অতুগা অনেম্বা থাক্কী ওইবা শাগা লোইনবা অমা (Animality); মতিক অনি অসি পুনশিল্লগা মী ওইবা হায়বতু ওই। মী ওইবগী মশাদা য়াওরিবা অনেম্বগী মতিক

ময়াই অহুবু মীতৈনা 'সালোই' (শরোই) কৌই। 'সালোই' হায়বদি সা+লোই=সা গা+লোই লোইনবা, মী ওইবদা য়াও-রিবা শাগী ওইবা শরুক অহুবু হায়বনি। English তা হায়রগা Animality হায়বনি। শরোই হায়বসি কদাইদগী ওইখিবনো অমুক হেংশি। মথক্তা য়াকোকলোন হীরেন খীলেন্দগী লোং খোকপা য়াহৈ পরেংশিং অহু উখিগ্রে—শরোই হায়বসি ইশূং লোইনবগী 'হুমাং' মরিকতগী ওইখিবনি। হুমাং= হু+মাং= হু হাইবদি মীতৈনা চাবদা শিবা নত্রগা কত্তবা খোকপা প্োংপু খংনৈ+মাং হায়বদি মাংখিবা হায়বনি। হকচাংদগী খোকপা মহী মখল অমবু মীতৈনা হুমাং কৌই। করিগুংগী হুমাং কৌ-রিবনো হায়রবদি হকচাংদগী মহী অহুনা হু ওইবা শরুকপু পুখোকখি মাংহনখি হাযবগীবু হুমাং কৌই। মরম অহুনা 'সালোই' (হৌজিকী মতমগী য়াহৈনা 'শরোই') হায়বা কাংলু অসি মপু মহাক্কী মশাদা য়াওবা হু ওইবা কত্তবা শরুক অহুদগী ওইখিবনি।

পুয়াগী ওইবা লীখুন অসিদা হায়রিবদি মসিনি—মীওইবদা য়াওরিবা অফবা ফজবা মপু মাগী মনাক্তা নকপা মতিক ময়াই-শিং অহুবু 'লাইয়াম' কৌই অহুগা মা ওইবগী মশাদা য়াওরিবা কত্তবা শাগী ওইব শরুক অহুবু 'সালোই' (শরোই) কৌই। মরম অসিনা 'লাইয়াম' বু হায়বদি অফবা ফজববু 'সালোই' (শরোই) না হায়বদি কত্তবা চুমদবনা ওৎপা অয়েংপা পীবা য়াহনবা হায়রবসি মশানা তাবনি। অফববু কত্তবনা চিংথনবা

হোংনবা হায়রসে তাইবংগী হৌনবীনি। মসিবু 'লাইয়াম' অমসুং 'সালোই' (শরোই) গী রারি ওইনা পুথোকতুনা উৎপনি।

অতোপা মওং অমদা অমুক য়েংশি। তাইবং পানবা মপু মহাক্না মী কাংবু অনি শেম্লমই। মী কাংবু অমদনা মপু মহাক্না মপু মহাক্না লীখুন; মপু মহাক্না লম্বী, তাইবং 'সমু' হকচাংসুম্না লোক্না পুপ্লতুনা থম্লিবা ঈয়েক ঈপী ১৮ গী লীখুন অসিনচিংবা মপু মহাক্না অশেংবা ফজবা খুজিন থোরাংবু তাকপিম্লমই। মখোয়বু 'লাইয়াম' কৌই। অতুগা অতোপ্পা মী কাংবু অদুদি মপু মহাক্না 'হমাং' মরিকতগী ওইখিবনি, মপু মহাক্না ফজবা সুংশিন্না লীখুনবু তাক্লমদে, ফত্তবা ওইদবা চুমদবনা মখোয়গী লীচৎনি। মখোয়বু 'সালোই' (শরোই) কৌই। মরম অসিনা 'লাইয়াম' নু শরোই কাংবুনা অয়েৎপা পীরে রাহক্লে হায়বসে তশেংলে।

মতৌ অসুম্না কংলৈপাকী পুনসিলোম্দা, মীরোন – রারিদা অচুম্বা লানজদবা কাংবুবু অরানবা ফত্তবা কাংবুনা ওৎ–নৈরক্লবা মতমদা তাইবং পানবগী মপু ঈপুংলোই মহাক্না 'লাইনিংথৌ নোংশাপা' ওইনা শাইওন্নুনা চোংথোক্লকখি, শরোই তুম্না হাংখি, লাইয়ামশিংবু ফত্তবা চুম্লদবা শরোইশিংদগী ফনবিখি। মসিবু মীতৈ মীরোম্না 'নোংশাপা চৈলাক' (নোংশাবা চৈরাক) হায়না থংনৈ।

'নোংসাপা' হায়বা রাহৈ অসিগী রাহল্লোক করিনো য়েংসি। নোংসাপা = নোং + সা + পা = নোং হায়বদি তেংশান-দগী মপু মহাকপুনি (ওইনা ইজবা 'মীতৈগী নোংকালোম' দা

শন্দোক্না ইজখ্রে ) + সা হায়বদি শাগী 'শকতম ওহবা শাগী মওং লৌবা শাওহবা হায়বান + পা হায়বাদ' লাবা ঙুপা হায়রি। মমক অসিমা তেংপানবগী মপু অপুংলোইনি মহাক্না অঙকপা শা লাবা 'অমগী শকতম লৌতুনা অরামবম' মাংহনগে হায়দুনা 'নোংশাপা' কৌনা চৌংখোম্লকপনি। মীতৈনা নোংসাপা খু তেংপানবগী মপুমক্নি খংবনা 'লাইনিংথৌ নোংসাপা' কৌই।

মীতৈগী পুম্নসিরোম্দা, মীতৈগী লীচংতা, মীতৈগী লাংতলোম্দা 'লাইনিংথৌ নোংসাপা' হায়বসে তেংপানবা মপু মহাকমক্নি। মহাক্না ঙারবা ওৎপিরবা তাইবংপান্থংদু অমা অমাদগী কনবি হায়মা থাজে। 'নোংসাপা' হায়বসে মীতৈগী পুম্নমক্দা অচুম্বা ফজবা, ঙাকপিবা, কনবিবা, অরামবম মাংহনবগী খুদমনি। হৌজিক ঐখোয়না 'কংলাশা, নোংশাবা' হায়না খংনরিবা অসি ঐখোয় মীতৈগী লীচংতা চহি লিশিং মরিরোমদগী লোইনরক্লবা 'লাইনিংথৌ নোংসাপা' হায়বনিনি। 'লাইনিংথৌ নোংসাপা" গী মতাংদা কনাগুম্বা মীতৈনা খংনা খংনা মীনমজুনা ঙাংশ্রবা, ভৌরবা অচুম্বা খংদ্রগা খংনবা তাকপা উৎপদমু য়াত্রবা, তাইবং মপু মহাক্নমু অচুম্বা লাকদৌরিবা মীতৈ মীরোন্নমু ঙাকপিরোই। 'নোংসাপা চৈলাক' ফংগনি।

—):-:(—

# লাইনিংথৌ নোংসাবগী থোৌদোক ৱারি
## (Historical background)

লাইনিংথৌ নোংশাবগী শকতম অসি ইহান হান্না ঈনিংথৌ ইবুংঙো খাগেম্বগী মতমদা খ্রীষ্টে কুম ৩০৩১, শক ১৫৫৫, খৃঃ ১৬৩৩ গী কালেন থাদা শাখি। "চৈরোং-খোংজম থরোইগী কুম শক ১৫৫৫ ...... কালেন থাদা লাইনিংথৌ নোংশাবগী কংলা হোংএ।" *

অসিদগী চহি ৩৫০ মুক্তী মমাংদা ঐথোয় মীতৈগী "লাই-নিংথৌ নোংশাপা" গী শকতম অসি শাখিবনি। মীতৈগী থাজবা অমসুং পামজবগী মতুং ইন্না লাইনিংথৌ নোংশাবগী শকতম অসি শারগা কংলা উত্তর (উত্ত্রা) মাংদা থিনখি। মীতৈনা নিংথৌবা "ঐবু লোইবা লাইনিংথৌ" হায়না নিংগৌনৈ। মসিগী রাজত্বকত্তি নিংথৌ হায়বসে মপু মহাকমকনি হায়বনি। নিংথৌনা কনা রাজ্যেনথংগী মমাংদা লাইনিংথৌ নোংশাবগী শকতম অসি থিজিন্না থমগী মরমদি নিংথৌনা লাইনিংথৌ নোংশাবনা তৌবগুম অচুবা অককবু য়োকখৎকনি, অরানবা ফত্তববু মাংহন-গনি হায়বনি অমসুং কোন্নুংনা অচুবা ফজবা থাকতা তৌগনি হায়বগী থুদমনি। নিংথৌনা ফত্তববু নমথগনি হায়বগী থুদমনি।

## মচি মশিং

নোংশাবা হায়বা শকতম অসি চুম্নগী শা অমা নত্তে হায়বদি লায়না থংবিরমগনি। শা অসিগী মমিং "লাইনিংথৌ নোংসাপা"

---

* চৈথারোল কুম্বাবা



কংলৈপাক্কী অশেংবা 'কংলাশা' গী ফোটো', ১৮৬৮ দা সাব জেমস জোনষ্টোন অমসুং হোফমেননা নম্বা, T. C. Hodson গী The Meitheis' দা য়াওবা।

কৌই, শানদি "লাইনিংথৌ" ওইবা য়াদবনা পুকনিং রাখলগী ঙাংউলোনগী শাগী শক্তমনি হায়বদি শোয়দ্রে। চৈথাবোন কুম্বা-বানা শাগী শকতম অসি মচি অনি নত্রগা অমা পান্না শাই হায-বসি হায়রমদে। অহুবু T.C Hodson না ইবা The Meitheis গী লামাই ১১৪ দা য়াওরিবা ফোটো অসি লাল্লবোই। ফোটো অসিদা নোংশাবা অসি থুহুং অনি কুম্বরগা মাংগী অনিনা চপত্তিংনা লৈরগা ময়া কাথোকতুনা লৈবা মতোন্দা অনি লোংবা মচি অমথক্তা

পানবা শাগী শকতম অমনি। শাগী শকতম অসি অকিবা অমসুং অঙকপনা থল্লবা শাগী শকতমনি। মীতৈ নত্রবা ফাওবদা মীতৈগী রাংউলোনবু থাজবা অমসুং মীতৈগী লিচৎতা লপ্লবা মী ওইরবদি লাইনি থৌ নোংশাবগী শকতম অসি হেক উবদা অরানবা তৌবা ঙমলোই। মীতৈ হায়বা কাংলুপ অসিগী পুনসিরোল, রারি শিংবুল অমসুং থাজবগা মরি লৈনবা শাগী শকতমনি।

T.C. Hodsonগী The Meitheisগী লাঃ ১২৪দা য়াওরিবা Photograph অমু মতোম্বা অ ন লোংবা মচী অমতা পানবনি হায়বা Manipur Art College গী Principal Shri Brajamani Sharma না পিবা technical argument অসি য়েংবিয়ু:-

"Please refer to Hodson's actual photograph. This photograph clearly shows that—.

(1) The photograph was taken from the angle looking upwards as the structure was very high (18 ft. high)

(2) Now it is clear that the two structures are in angular perspective and they are stationed apart in actual position as well as in angular perspective with their respective horns vividly shown-only a single bifurcated horn is visible on each beast.

(3) One of the arguments may be that each of the beasts might have another similar horn. But the counter argument is that any two similar elements positioned in the line of vision but veiwed from an angle with our naked eyes/ camera lens, the two similar elements cannot come into parallax and this parallax may be more difficult to be observed in the case of the above elements with another two similar elements located in the same position in another struc ture which is also similar to the first structure. Applying this argument, we may infer that if the beast has two horns it would have shown two horns in this angular perspective, and if the beast has only one horn ,it would have shown only one horn. We see only one horn on each beast in this photograph.

(4) The last argument may be now that the beast might be having two horns, and one of the horns might have been broken by chance. But that any two similar horns similary located on similar structures (mythical beasts) would be broken by chance is quite impossible.

(5) Finally some one may argue that the horn as shown in the photograph is located away from the central axis of the head of the beast. This is

nothing but due to optical illussion. In fact the horn is along the central axis

In the light of the above arguments we may conclude that the beast (mythical beast) had only one bifurcated horn located along the central axis of the head.

Sd/—
(BRAJAMANI SHARMA)
Principal
Manipur Art College, Imphal

মীতৈনা নিংশিংবা থোকত্রবা মতমদগী তেংপানবা, তাইবংপানবা মপু অমা লৈ হায়বসি খংলকলে হায়বসি মীতৈগী ইনাৎকী মতাংদা খরদং থিগৎলবা মীওই খুদিংনা খংগনি হায়বসে তশেংবনি। মীতৈ ঐথোয়গী রাহৈ 'লাইনিংথৌ''ইপূরোই' 'নোংথৌরেল পুমাবা' 'মপুকী কোনপু ইয়েক কোনপুঙ রাকোনপুঙ কৌয়ে॥' 'পোকলেন পোকপা শাৎলেন শাৎপা' 'ইপাম লমদম য়েংলুবদি হুংশিবা মায়কৈ তামথরে' 'খমচিককোন' 'ঈপুংলে ই অপকপা' অসিনচিংবা রাহৈ খর অসিনা মীতৈনা অমতা ওইবা Universal Cause, Universal spirit, Universal life অহুবু চহি লিশিং কয়াগী মমাংদগী খংলক্লে হায়বসিগী খুদমনি। মীতৈদি রাংউলোন য়াংবা, লীচৎ শাজংতা চুম্বা মোৎতবা. তেংপানবা মপু অমগী রাথলদা লুনা খনবা (Deep spiritial life লৈবা) মী কাংবুনি। কংলাগী 'লাইনিংথৌ (নোংশাপা'গী শকতম অসিনা

খ্বঃ গী ১৭ শুবা চহিচা লাইনিংথৌ খাগেম্বগী মতম কাওবদি নোং-চুপলোমগী লৌজনাম পুজনামদা য়াম্না হৈববু অশিংবনি হায়না লৌনবা রাখল অহু য়োরকপি হায়বসি খুদমনি। ম্মান্না চমজবা ইপা ইচা মরুপ য়াম্না শেংনা খংনবা মীতৈগী খুন্নাইনি। 'ধর্ম্মগী' মমিংদা গঞ্জা থকপা তম্বিবা শোংনবা ফিদকপা লাইপকতা তেম্না থিলহনবা, চন্দন শেনখায় লৌবা, নমথাক তৌবা, ওইজবা তানববু 'ধর্ম্ম' নি হায়না উৎনবা হোৎনবা পুন্নমক অসি মীতৈগী খুন্নাই নত্তে। খংলকপা শুমিংতা কাওথোব্রদবনি।

অমুম্না মপু অমগী রাখলদা লুপ্পুনা পানজবা মীতৈ খুন্নাইনি। লাইনিংথৌ-নোংশাববু মতৈন অমতা হাপ্না তাইবং মপু অত্তুনি হায়না লৌই। মরম অসিনা ইবু ধ' খাগেম্বানা লাইনিং থৌ নোং-শাবগী শকতম শাবদা শা ওইনা শাহুওল্লি হায়রবনিনা শাগী শকতম অমা মান্না শাবে; তাইবং মপু অমখকতা ওইবনা মচি অমখকতা পান্না শাই, তাইবং মপু মহাক্না তাইবংচপী লাইপকতা লৈবা মরম। মচি অহু লাইপক ময়াই ওইনা হৌহল্লি, অমতা ঙাইবা তাইবং মপু মহাক্না অনিগী খুংশেম (Male and Female Principles) পুথোকতুনা তাইবং কুম্মে শান্নবা মরমনা মতোন্দা মচি অনি লোংহল্লি। তাইবংপানবা মপু মহাক্না মচু তরেৎ-কী অপুনবা, সলাই তরেৎপু পোকপা ওইবা মরমনা, লাইনিংথৌ নোংশাবগী মচু অসি অঙৌবা ওইনা শাখিবনি। সনামহি লাইনিংথৌগী মচু অসি 'ঙৌবরেল ঙৌবনি' তেংপানবা মপু মহাক্কী মচুদি পাশোৎনি, অপানবনি হায়বসি লাইরিক কয়াদা

থেংনবীরমগনি। মরম অসিনা তাইবংপানব মপু মহাক্কী শাইওন ওইবা মরমনা, লাইনিংথৌ নোংশাবা অসিগী মচু অসি অঙৌবা ওইখিবনি। ইবুধৌ খাগেম্বাগী মতমদা শাবা 'লাইনিংথৌ নোংশাপা' অসি মতোন্দা অনি লোংবা মচি অমথকতা পানবা মচু অঙৌবা শাগী শকতমনি।

মসিগী মচি অমতা পানবা রাখুন অসিবু শৌগৎপা ওইনা মখাগী লাইরিকশিং অসি য়েংবিয়ু—

(১) Mr. Somorset Playne FRGS না Compile তৌবা "Bengol and Assam, Bihar and Orissa" হায়বা লাইরিক অদুগী লামাই ৪৮৫ দা য়াওরিবা ফোতো অদু য়েংবিয়ু। ফোটো অদুগী মখাদা "Old Manipur, the Coronation Hall and Dragons" হায়না থাই। ফোটো অদু Hodson গী The Meitheis দা য়াওবগা মানৈ, মচি অমত্তা পাল্লি। ফোটো অসি খৃঃ ১৮৬৮ দা James Johnstone অমসু Hoffman না নমখিবনি।[*]

(২) মীতৈগী ১৮৯১ গী নিংতম লান্দা সাহেবশিংগী মাইকৈদা য়াওখীবী Ethal St Clair Grimwood কী My three years in Manipur হায়বা লাইরিক অদুগী অহোবদা য়াওবা sketch অদু য়ে বীয়ু। sketch অদুগী মখাদা " Dragon

[*] কংলৈপাক শকখং খুদম



মনিপুরদা ১৮৯১ শিখিবা মিঃ গ্রিমউদ, পোলিতিকেল এজেন্টকি
লুপীনা ফোংবা 'My three years in Manipur' দগী
লৌথোকপা (Sketch

in front of the palace" হায়না থাই। Mrs. Grimwood চহি ৩ Manipur দা লৈবম্বী লুপীনি অমস্তুং মহাক্কী মতমদা মহাক অমস্তুং মহাক্কী মীয়ামদা থোইদোক হেন্দোক্লা খুদোং থীবা থোকখিবনা মহাক্লা London য়োরগা নিংশিংবা অমস্তুং ইরকপা অসি লানফম থোকতে। Sketch অদু মচি অমতা পানবা মমৈ ফিরাল শাবা নোংশাবগী শকতমনি।

(৩) *M*ajor General Sir James Johnstone না ইবা My Experiences in Manipur and the Naga Hills হায়বা লাইরিক অদুগী লামাই ২৩ দা 'Kohima stone' হায়বা অদুদা য়াওরিবা নোংশাবগী মুংদা হকপা অদু য়েংবিয়ু। মসিদস্মু মচি অমতা পানবগী শকতম ফজনা উৎলি।

(৪) Jyotirmoy Roy গী History of Manipur হায়বা লাইরিক অতুগী cover sketch অতু য়ে'বীয়ু। মসি সু মচি অনি লোংবা অমথকতা পানবগী শকতম চিংনবা লৈতনা উৎলি।

(৫) মতুরা বাহাতুরগী মণিপুরী আর্কী রারি শীংবুল হায়বা লাইরিক অতুগী লামাই ১৬ তা " কংলা উত্রা মনাংদা লৈরম্বা শা অসি মচী নামতা পাল্লি। ফুট ১৮ দগী থনতমক রাংই" হায়রি। লাইরিক অতুগী লামাই ১৭ তা হিয়াং হিরেল থুংয়েক ৩১ দা মচি অমা পাল্লগা মতোম্দা অনি লোংবা শাগী মওং হিংকোকতা য়াওই। মীতৈনা " লাইনিংথৌ নোংসাপা" গী রাথুন, রাংউলোন থংনা হিরম য়াদা চংথরকপগী খুদমনি।

(৬) রাজকুমার শ্রী সনাহল সিংহগী মনিপুর ইতিহাস হায়বা লাইরিক অতুগী লামাই ১২৮ " কংলাশা' হায়না থাবা ফোটো য়াওরি। মসিদসু মচি অমতা পাল্লি। Hodson গী লাইরিকতা য়াওবা অতুগা মান্নে।

(৭) Manipur Agriculture Department কী Magfruit কী লিকলি মথুমদা য়াওবা 1443 F P O হায়বা অতুদা য়াওবা শকতম অতু য়েংবিয়ু। মসিদসু মচি অমতা পানবগী শকতম ফজনা উৎলি।

(৮) অরোইবদা মীতৈগী নিংথৌনা ফম্বাল কাবদা শেৎপা ফিজেৎতা উৎলিবা কোকী শরুক অতু য়েংবিয়ু। কোকী মতোন অতু অমতনি। ফিজেৎ অসিগী মমিং ' নিংখম শমচিন' কৌই। ' নিংখম' হায়বদি নিংবগী থম্বা তেংপান মপু, তাইবংপানবা মপু মহাকী মফম অমসুং

মহাকপু হায়বনি অহুগা ' মচিন' হায়বনা শমচিনবা, য়োম্বুনয়া হায়বনি। কম্বান কায়া হুমিংত্তা নিংথম শমচিন শেংপুগী রাহয়োক-তি নিংথৌ ওইগদৌরিবা মী অহু কম্বান কাত্রিবা কাওবদি চুম্নী মীনি, কম্বাল হেক কাবগা নিংথৌ হেক ওইবগা মপু মাগা শম্ৰক্তে, মপু মাগা অমত ওইরে, মপু মানা তৌবগুম্না মী থুদিংমক মাম্না য়েংলগনি হায়বনি। অমরোমদা অমুক নিংথৌ হেক ওইবগা ' লাইনিংথৌ নোংসাপা' গী শকতম লৌরে, অচুম্বা লান্দবমু য়োকখৎকনি, অরান্নবা কত্তববু চুম্না মাংহনগনি হায়বনি।

পুন্নমক অসিগী মথকত্তা কংলাশা নোংশাবা হায়বসি মচি অমত্তা শান্নবা শাগী শকতমনি হায়বসি তশেংনা তাকপা কয়ামুক লৈরি। খুদম– বুধচন্দ্রগী মতমদা চৎনরম্বা cheque, লাইয়েকপা তম্না য়েক্লম্বা নোংশাবগী শকতম, কংলা পার্ক হোংবগী হুং, Manipur Govt. কী খু ১৯৬৭ কী Calendar, M.K. Binodini গী 'বড় সাহেব অংবী মনাওম্বী,' রাহেংবম গৌরচন্দ্রগী মনিপুর গী অরোইবা লান, সরোংকী অসিনচিংবা পুন্নমক অসিদগী মীতৈগী ' নোংশাপা' নত্রগা ' কংলাসা' মত্তোম্দা অনি লোংবা মচি অমত্তা পাম্লি হায়বসি য়েংননিংঙাই লৈতে।

## State Emblem খনবা

কংলা উত্তা মমাংদা ফুট ১৮ দগী, হেন্না রাংবা শকতম অসিনা থিন্দুনা থম্নগা, মহুনা মীতৈ ঐখোয়গী ফিদমগী শকতম অমা ওইরবনিনা অনম্মুং মহুবু মীতৈনা গুকনিং অমম্মুং হকচাং রাওনা

ডৰৈনৌ ইকাই খুম্নবা 'উংলবনিনা'-মচি অমা পীনবা লাইনিংথৌ নোংশাবগী শকতম অসিনা হায়রুদনা অমস্তুং তৌরুদনা State Emblem ওইরে হায়বা অসিদি চুমকদ্রে থোকই। কংলা উত্তী, কৌনুং, নিংথৌ পুন্নমক অসিগী মমাং থানা মৱাম্না উনবা য়াম্না শেংনা অমস্তুং মরু ওইনা উংলিবা শকতমদি লাইনিংথৌ নোংশাবগী শকতমনি। কনাগুম্বা মীগী লৈপাক্কী মপান্দগী মী অমনা হেক্ক কৌনুংদা চংলকপদা উংগদবা অঙকপা অমস্তুং অথুকপা পোৎতি লাইনিংথৌ নোংশাবগী শকতম অসিনি। মসিমক্না লাইনিংথৌ নোংশাবগী শকতম অসিনা ইবুংঙো থাংগেম্বগী মতমদগী State Emblem ওইরে হায়বমে মরান্না য়াফম থোকই। কুনগুবা চহিচা অসিদস্তু সরকারগী ওইবা অমস্তুং লন্নাইগী ওইবা থবক কয়া থৌদোক কয়াদা মচি অমম্না পানরা নোংশাবগী শকতমবু শিজিন্নরকপা অসিনা, হৌজিকস্তু মতোম্দা অনি লোংবা মচি অমতা পানবা লাইনিংথৌ নোংশাবগী শকতমনা কংলৈপাক্কী (মনিপুরগী) State Emblem ওইহন্না অতুম লৈ হায়বসি য়েৎনুনিংঙাই ওইদে, হায়না লৌই। T.O. Hodson না য়হাক্কী The Meitheis থী লামাই ৬৫ ২ দা অমুক্না ইরি— "23 The Nongsha or Lion here described is commonly held to be a Meithei emblem".

লাইরিক অসিগী লামাই ১৪২দা অমুক ইরি— "Then Khadrakpa, the friend of Kongyamba, and Nongtholba set forth togather, and Thoibi gave them pan, a gift for the swiftest in the race.

# কংলৈপাকী স্টেট এমব্লেম

মীতৈ ঐখোয়গী ঈনিংথৌ ইবুথৌ খাগেম্বগী মতমদগী লাই-নিংথৌ নোংশাবগী শকতম শাহনা কংলৈপাকা শকতম অমা ওইনা উৎতুনা থবক থৌরম পুম্নমকী (for all practical purposes) মতোন্দা অনি লোংব মচি অমা পানবা লাইনিংথৌ নোংশাবগী শকতম্না State Emblem ওইরকই, ওইতুনা লাকই হায়বসি অশেংবা থমোই থুদিংবা থংই। মতোন্দা অনি লোংবা মচি অমতা পানবা নোংশাবগী শকতম অসিনা মীতৈ ঐখোয়গী অপাম্বা, সুংশিবা, থাজবা, ৱাংউলোন পুম্নমকপু কায়হন্দনা পেন্না থম্বা ওমই। মচি অমতা পানবা অসিবু ফুরূপ অসিগী রারি-শিংবুল, কংলৈরোন, পুয়া অমসুং মপানগী সাহেবশিংনা ইহুনা থম্লম্বা কয়ানা সোগংখি। মথক্তা পনজখিবা, য়েংখিবা হায়জ-খিবা ক্টোটোশিং অমসুং লাইরিকশিং পুম্নমক অহু মচি অমতা পানবা নোংশাববু উৎপা, স্রোগৎপা লাইরিক ওাকতনি। মচি অমতা পানবা লাইনিংথৌ নোংশাবী শকতম অসি খৃঃ ১৮৯১ কাওবা কাংলা উত্তা মসাংদা তেকতা কায়দনা কংলৈপাকী শকতম উৎপা (State Emblem) ওইনা লৈরমই। খৃঃ ১৮৯১ অসি সাহেবশিংগীনা চাওখোকচনিংঙাই ওইবা চহি, মীতৈগীনা নিংতম্বগী লানফমদা অরোইবা মায়থিবা চহিনি। চহি অসিদা সাহেবশিং অসিনা মীতৈগী ইমুং মহুগী থবকতা খুৎ থিংজিনবা অসি অয়োৌবী থাক য়োরকখি। মীগী ইমুং মহুংদা খুৎ থিংজিনবা অসিগী মহৈনা খৃ ১৮৯১ গী লমতা থাগী তারিখ ১৪ তা অঙোবা মচাগী

মক্ৎোক লাইনিংথৌ লোংশাবগী মমাংদা তাখি । মীতৈগী থাজবনা ওইদুনা অঙোবশিং অসি মীতৈগী খুন্নাইদা শীংনবগীদমক লাইনিংথৌ লোয়শাবনা মাংহনবনি হায়না তৌনখি । British শা অকনবা লানি থেংনরবা মতুংদা মীতৈ মায়থীরে । খৃঃ ১৮৯১ গী ইং থাগী তাং 14 দা লাইনিংথৌ নাংশাবগী শকতম British না কংলৈপাকী শকতম থুগাইবা হৌইনা কাপখায়খি । মীতৈগী মচু তরেৎকী কিরালবু চিংথদুনা নেৎথৎলগা মচুগী মহুত্তা Union Jack য়ুংশিনখি ।

# মীতৈ ঐখোয়না করম্না মীতৈগী শকতম ঙাক্লনি ?

পাকচাওরবা তাইবং মালেমদা তংথক নাইদনা কংলদা মীতৈগী খুন্নাইনি অদুবু মপানগী অনৈবা ইথক্লা য়ৈবদা মমাং চামলে, মশক থীরে, মশা শোল্লে, মশক হোংলে । অদুবু শিবদি শিত্রি, হাৎপসু ঙমলোইদৌরি, শিহনবসু ঙমলোই-দৌরি । অদুবু খাইদগী থম্মোই শোকপদি— চোকথরবা, নারবা শোহরবা মীতৈ খুন্নাইদা লাইয়েংবিবা অমম্মুং মতেং পাংবিবগী মহুৎতা তৎতনা অমম্মুং লেপতনা তেন্দম লান্দাবা (Attack তৌবা) অসিনি । অদুবু মীতৈ হিংলি, য়েক তরেৎ হিংলি ... ... ঐখোয়গী থাজবা শিত্রি ... — ... শোয়দে নোংমদি মীতৈনা মীতৈবু কল্লখিগনি, ঙাকথোক্লকখিনী ।

মীতৈগী শকতমবু কন্বা, মীতৈবু ঙাকপা, মীতৈগী শকতমবু শেংনা উৎপা হায়বসেঃ— পামহৈবা অমসুং শান্তিদাসনা কলক মীহৌ রাখলনা লমজিংহনা মুথৎনবা হোৎনরম্বা. মীতৈঃ খৃঃ ১৮৯১ দা ব্রিটিশনা কলক মীহৌ রাখল্লদা কাপ্লকাইখিবা ইবুধৌ নোংশাবগী শকতম 'কংলাশা''; খৃঃ ১৭০৯ দা হোৎখিবা. অসেবা হিন্দুশী ইচেল চংলকত্রিতৈনা লৈরম্বা মীতৈগী খুন্নাই . ...শোক্লবা মীতৈগী খুন্নাইবু করবা হোৎনবা, মশা কগৎনবা হোৎনবা অসিনি।

মীতৈগী মচি অনি পানবা ইবুধৌ নোংশাবগী শকতম 'কংলাশা' লৈরদে ; মীতৈগী লাইনিং, লীচৎ, রাজ্যলোনগা মরি লৈনবা মতোম্দা অনি লোংবা মচি অমতা পানবা ইবুধৌ নোংশাবগী শকতম 'কংলাশা' লৈ। চিংনমিঙাই লৈতে।



পাবিয়ু ! নৈনবিয়ু !

ঐগী অহানবা খুদোল—

# মীতৈগী নোংকালোন

(শিবা অমসুং তেংপান মপুগী মফমদা তিনবা)

লাইরিক অহুদা—

" মিকুপ খরগী মতুংদা থমসুং শন্না তাল্লগদবা তাইবং-চাদা পুনসিগী হৌরককম পুনসিদা থোকখিবা অরা অনাগী থোদোক কয়া তুংশিবা, কল্লকপা, মিহৌবা পুন্নমক নিংশিংহল্লি। পুন্নমক অশেংবা ৎরাই মাগীদি করিস্নু কান্নদবনি থাদোকলো হায়না তাহল্লি।"

" মীওইবা ঐখোয়না অপাম তুংশি কল্লক য়েংথি মিহৌ পুনসিগী লান্দা পুনসি লেল্লুরে। পুনসি অসিদা ঐগী তুংশিবী তুপী, ঐগী তুংশিবা ইচা, ঐগী লনথুম হায়বা রাখল অসিদা অমুক্কী মতীক লুপল্লুরে, অঙাই তাইবংনি কাওরুরে, শিনি কোবা থল্লুদ্রে। অহুবু পুন্নমক অরেম্বা ওইরমলে। মপু মহাকত্তনা অরেপ্পা মরুপনি খংলক্লবা মতম অসিদদি—— থোইথোইবা তুংশিবা তাইবংগী মপা মহাক্কী মফমদি তান্নমলে, থাপ্পা লৈরমলে"

" শিজ্রিবা মীগীদমক তাইবংদা লৈহৌরিবা ময়াম্মা রাবা তুংশিবা অমসুং মাবু অমুক তাইবংদা উনিংবা পুন্নমক অসিবু' "শাবী ইনেম মচা পাম্মুবী চীংতুংগী সনা লোক্তগী পাইবিরকলোনে" হায়না তেংথানৈ।"

মীপান তাংনিংবা মীত্তো তমনিংবা তম্বীখো, মীতৈদি তাংজনিংদে তমজনিংদে।

---

লাইরিক কংফম্ম ঃ— মনিংগী চেখুমগী অরোইবদা য়েংবিয়ু।

লাইলিরক অসিদা—

"'লাইনিংথৌ নোংসাপা' গী মতাংদা কনাগুম্বা মীতৈনা থংনা থংনা মীনমত্থনা ঙাংগ্রবা, তৌগ্রবা অত্থগা থংদ্রগা থংনবা তাকপা উৎপদসু য়াত্রবা তাইবং মপু মহাক্নসু অত্থগা লাকদৌরিবা মীতৈ মীরোল্লসু ঙাকপিরোই। 'নোংসাপা চৈলাক' ফংগনি"।

" ইপাগী শকতম লৌরিবালৈপাক অসিগী দমক শিবা কিনদে; লৈপাক অসিগীদমক শিজবা মপু মঙোন্দ হকথেংননা চংজবনি লৌনৈ ।।"

" মতোন্দা অনি লোংবা মচি অমতা পানবা নোংশাবগী শকতম অসিনা মীতৈ ঐখোয়গী অপাম্বা সুংশিবা থাজবা, রাংউলোন পুন্নমকপু কায়হন্দনা পেন্না থম্বা ঙমই। মচি অমতা পানবা অসিবু ফুরূপ অসিগী রারি-শিংবুল, কংলৈরোন, পুয়া অমসুং মপানগী সাহেবশিংনা থম্লম্বা কয়ানা শৌগৎলি। "

" মীতৈগী মচি অনি পানবা ইবুধৌ নোংশাবগী শকতম 'কংলাশা' লৈজদে । "

মীতৈগী অশেংবা পুন্নমক থুগাইরগা আশোক চক্র মান্নবা হোৎনবা অসি মীগী মীতৌ তমশিখাক হঙোই মরিল শুৎ শাৎনি হায়দবা ঙমম্লোই ।

যমল লুপা ৩

---

লাইরিক ফংফম—

১। অফোংবা ১সুং অইবগী য়ুম —

শগোলবন্দ থাংজম লৈরক/ইম্ফাল

২। হৈক্রুজম জ্ঞানেন্দ্র (ইঙোচা) পুরানা বাজার প্লোট নং ৬, (ঙারি কাবৌ য়োনফম মরোং)

---

ছাপা নম্ফম :— স্বরাজ প্রিন্টিং প্রেস ইম্ফাল